পাহাড়ন ভাম্ববকপসি ক'ব্বো, অমদা লোংলি উটি, অমদা লৈ হেক্ত লাকই। ববমবো হায়দুনা ইমানীন ওস্থেক ওস্থেকপা লগীদ কাওদুন চেনবসি মতাক্কু হেক্তা ফাম্লকুন ক'দৌরে। মতৌদ ঐন লৌবুক্তা লো শুরম্বা কনপ্রবা চাউপ্রব লিপা ১দা মঙসি তচাক্লা থনমগে মীচোন্দা পীথিম্মু হায়তবদ য়ারে, কয়াদি ফজবগে হায়ববু নঙন মঙদ ফতবসি।

পোমা :— মীচোন্দা ছন্দোক্রুম্মপ কদায়দ চংলিবা ?

প্রধান :— মথোয়না থাংজোগ থুক্রোগ যানগে ভোরে নঙন থুংলাই থম্মগ নপাঙল য়েংবৌ হায়বদ থুংলাই থম্মগ বাক-বাক ডুপ-ডুপ, থানরে ; মচুদ দাজু-সিমু থাজদন কল্লিহে। মতৌদ লৈখোম মরক্তা ইরোই অনীদু নম্নরে। নঙন লৈতোং ১দ কম্মগ য়েংহৌই।

পোমা :— মাবোদি কদায়দা ? ইমানী য়েংমিম্নব যাত্রাও ?

প্রধান :— অহেম্বন ঐগ অমুক য়েংনসি হাংবকত্রা থন্দুন ঐ চেলে খুন অম ভাম। খুলছুদ লিস্থোইবা লৈম্ম-স্মেনহে ডাকুগি লুচিংবনা লোৱবনি হায়দুন—ঐন ইবেম্ম নঙ ঐবু থহত্রা চংহুববু-শক থহদে মণ্ডল-কাওব উজাত্রি। ঐ মুংতাইরে মশানবু য়ারবদি

নৈজবোরসনু, অসাই থহনবোবত্তু কনান ঙম্মে য়েংউগে হায়রুম হল্লে। দাজুসি রাস্থুন নৈবম্মে, মঙন অকনবদুগ নৈরম্মে। ঐন অকনবদুদ হংলে সুপী মচাসি শুভশ্রগে অথৌবা ? স্তুক রাম ফুনত্তুন ফংবসিবু মঙ ভাবোক্ত পুখিব যাত্রা? পাম্মগ নক্কি শেম্মু মঙ্গ অমুক ফুনসি হায়রুম মচৌ কেঃ চংশিন্ক্লে। ঐ কয়া সুংঙাইত্রগে চায়বরু। অমুক তুবখিনি, মঙ অফব মঙত্রি কাওবা হৌগৎলোই-।

গোমা :— মহক্কুদা কৈকাও অমা ওল্লগ ইয়োইদু চাথোকপ মাত্রাও, ওলি ঐদি ইরোইগ নৈমিয়হৌব।

প্রধান :— মহস্নু তুমখ্রো মঙ অফব মঙত্রিবফাওব, হয়েং অয়ুক হৌগৎলবস্নু হৌগৎসি।

কালা :— গুজিক ফাওব হৌগৎপিদ্রিবসিবু কৈদৌরবগে মী নৈবিজ্রাও ?

গোমা :— মঙ সুংঙাইহত্তুনা তুম্বিয়ে, করিগিনো হৌগৎখিরোই।

চাউথোই :— প্রধানজী থিব লাকইরনে, হৌগৎলো থেংলে

গোমা :— মঙ মামোদি হৌগৎখিরোই তুমখত্রে, শেল পুগে শিঙগেব হায়রবস্নু হয়েং অয়ুক লাকও ঙসিদি হৌগৎকনি হায়ব থাজত্রে।

চাওথোই :— নিংথিন থোঙ হাংদোকউ হায়রিবৈদা ম্লাত্রবদি থুদেক্তুনা চংলকউরাও ?

গোমা : — নখোয় অহল-লময় চনখিব থোঃ মমন পাত্রৌ বনি থনত্রাও ?

চাওথোই:— ঐখোয় মী কাব লাকপনে, থানাগি পুলিশনে মুপী হরানবনী কেশত প্রধানজীবু কাব লাকপনে। লোৎপা কাময়োই' থোঙ হাংদোকও।

গোমা : — অসাইন ঐখোয় পুলিশনি হায়বা ম্লাত্রাও ? কনা কনা ওইরবনো ? কনাগি মুপী হরানবগি কেশনো ?

কালা : — ঐগী মুপী গোমা নঙবু প্রধানজীন কারগ লৌথিব. ঐন থানাদ তাকউবা, হজিক প্রধানবু কাব লাকইবনি।

ধনবীর : — গোমা হায়বী কালাপাহাড়গী মুপীদু ইবেম্ম নত্রা ?

গোমা : — ঐ ঔমিং গোমা কৌজৈ. কালাপাহাড়গি হোটেলদ মতম থর লৈশারিবৈ লৈজ্জরম্মি। হজিক থবাইন পামজব নিপা প্রধানজীদ য়ুম পাঙ্গরে। ঐবু কারগা চেনব নক্তে, চহি ৩৮ শুরক্লন ইশান ম্লানা চেঞ্জবনি।

কালা :— বাবু মসি মুপীসি ঐন লৌব চহি অনিরোম শুরে প্রধানজীনা নোংম কৌরগ হূ পিজহন

ঐবু মাস্থহল্লগ মুপীসিবু কাহৌবনি।

গোমা : — বাবু সাক্ষী লৈতবা প্রধান মাওদব কপ্পক্লুন হায়-জনব মানি থাজবিরম্নু।

ধন : — হায়নিংবা মা কোর্ট'া হায়নৌ হয়েং কোম্ন। হৌজিক ঐন কাব লাকইবসি প্রধানজীবুনি। কদায় লৈবগে প্রধানজীবু।

প্রধান : — ঐহাক সিদ লৈরে, থাবাদ চৎসি হায়ত্রাও?

ধন : — থাবাদ লেংলগি।

প্রধান : — য়ুম নিংথিনা শংলম্মু, মবুক শেংবা মী চংহনগম্মু উকিল নেকপদ শেল মামা তিংউম্মু অহোংব থিয়ু কালাবাজাড় মওন ঐবু মুপী হূমানবগী কেশড কাহল্লিবকো. ঐগি মুপীবুন মওন মী থাজিন হূমানহনব মও ঐগি মরুপ অশেংব-নিহৈ ভায়।

কালাপাহা: — গোমা।

গোমা : — কনাবো ঐঙোন্দা কৌরকম্নু। ডাকুগি এজেন্ট ওইরগ সিদ চংলকয়্ন, শেল থুম মাংগনি মুংশা থি, চৎত্রো চৎলু।

কালা : — মওবু গোমা অওইত্রাও?

গোমা : — ঐন হায়রিবসি মওগিম্নু ঐগিম্নু ফনবনি, লম হেনগম্নু। মহাজন প্রধানজী ঐগি ইপুরোইবম্নবু

থাদোকনবা তৌরু। অরেম্বদ থংনব পাম্নগনু চন্নাহেঞ্জনি। মুংগ য়েরুমগ কাওনব হৌনদে অপংবা।

কালা : — করিনো তৌরিবসিবু মংলা ভাইবংলনে। মতমসিবু হৌনব হৌনদব, অচুম অয়াবগী বিচার লৈনদ্রবভাংলা। নহাকবু গোমা নও ঐগ লৌখি ময়ম্বা হোটেন ফম্ব য়াওয়ম্বিহ নত্র'ও?

গোমা : — ওইরম্ব য়াই মবুক থম্নব ভ'ঞ্জাচাম ভাংদুন লৈর-ম্বা হুজিক শিদব মপুগি থৌজাগন প্রযোসন ফংজ-দুন এদ্‌হোক্ত গেজেট্রেদ অফিশর ওইজরে। ওইজ ওইথক ফংহনগে মতমগি ঈচেম্ম ভাওৌ. হঙ্গংন ইয়োইব পামগনু। মতম লৈত্রে চৎলো –ঐ থৈ-দেঙ্গগি পোৎ-চৈ য়াম্না হোন্থদোবা লৈ, হৈ কালা-বাজাড় টেক্সি অমত্তং –।

কালা : = [ ভুক্কু হে' ] নহস্তে —— [ চৎখি ]

ময়াই লেপ।

# মণ্ডলাক্রব।

## ২।১

(প্রধানমন্ত্রীগী য়ুমদ গোমা নাপল কানাশেং-শিংভি আই পিগি মতৌতম মিংশেল য়েংলম্বদ তঙ্গৎ-হন্দা চৎলৈ মেজ চৌকি থারি, মান কম্বল আরাম চৌকিগুম অমম শোঙ্গান্ন লৈ—। কোলিং বেল শিংবদ হিরা তোম্ব লাক্লগ মখুং লোংলৈ।)

তোম্ব :— করি ত স্পিভোবা সনা যাথং ?

গোমা :— মী কয়াম তিংবোরে কোন্থোংদা হন্তরভিয়ু পাম্বা ?

তোম্বা :— ফন যাম্মে ৫৯/৬০ শুগদ্রা ?

গোমা :— স্তন হায়ন তৌ, ৬৫সিদি লোইন থাংগ্রা, মথংগি মিংথোকাবদ মান মান থীবগুমগদব শেপ: শেক্সাউ চোম হাপ্পগ কারকউ হায়য়ু। তেলোন থর চাউব ৭৫০ গি মথকমথৈদি লিশীং ১০ দৈ তাংয়োই, মমল হুনগংনদোবনি কায়খো।

তোম্ব :— ২০০ দে ৪০০ কাওবন কয়া, ৪০০ দৈ ৭০০ কাপ্পবন কয়া হায়খিদগে ? ফিক্স রেট অম-থম্বিবন চুম্ব তোর।

গোমা :— লিশীং ৩ মচাশিংদুন, অমদুন ৫/২ দা তেংস্ৰা।

তোম্ব :— লৈরাদবশিংগি হায়বদি অহল লমন শুদব, মথোং মখুং মমাং শোইব লাইবক থীবশিংগীদি থন্ন হন্থন লৌবিব য়ারোইদ্রাও ?

গোমা :— য়ারোই—, লৈছবশিংদি ছন্তা শিদোক্লগ লাইবক ফম অমুক পোকুব কনাদনো বাদোম্মো হায়য়ু।

তোম্ব :— ফনি হায়জরুগে। ( চৎখিবদ )

গোমা :— ঙাইখো তে'ম্মিয়া. প্রেসদেনশিং ঐগ উমনীংব—য়াওব্রা ? অমত্তমক খাজিল্লকউ খল্লগ। অতৈদি মথংগি যোংনাইজীংদা উব্রশি হায়:খা।

( তোম্ব থে কপ্লগ তোকঙা চংলকই )

তোকঙ :— খুরুমজরি লাইবককবী—। নমস্তে—।

গোমা :— হেল্লো, আরকে তোকঙ', খবরাগ মীহুৎলা—? কাহৎলকউ ফম্মে'—। করি করিনো নঙন হু ড্রি হৈগি মমাংদ ঐবু অমত্ত হংলোবিগে নঙে ন্দা—।

তোকা :— তাকপিয়ু ভি-আই-পি।

গোমা :— ঐবু লাইবককবী হায়রিবদি করি'ীনো ?

তো'ঙা :— মহাজন হন্নবৈ সম্পত্তি পুম্বক. অদিংশাগি পাম্বৈন, ক:বিহৌরে শো পায়বিহৌহে অড়ুন হায়জবনি।

গোমা :— লৈশাবী পুম্বক যোনহান্নু অড়ুঙাই. অদুন মরল লৈবদ, খম খম লৈরবদি লাইবক লোইন করোই-ড্রাও ? পঙব শিঙৈব বাদনে, লাইবক ফবদি নত্তে—। করে, মদু থম্মে', নঙন হংনীংইবা খবরদ কোংনব করি করি রাহংনো হংঙো ?

তোকঙ :— হন্দক ঐখোয় ইবেম্মন মহাজন প্রধানজীগি

পার্শনেল—এসিস্টেন্তা প্রমোসন ফংবিরকইবসি শেল তিংব্রা ? কনাই মতেংমনো—?

গোমা :— শেল তিংদে, তাঞ্জচান ইবৌশিং শিজিন্নবদৈ কাবনি।

তোক :— হায় কালাপাহাড়পি হোটেল—এসিস্টেন্ট ওইবিরম্বদু রিজাইন তৌবিরব্রা ?

গোমা :— কালাবাজারগি এসিস্টেন্ত ওইবদু মীরা তায়, মঙ্গ ফক্তে—। রিজাইন তৌবে, মহাক্কু মানীংদব মতৌদি উঃ—। ইশাগি য়েংদন মাগিদমক পোকপিরকপদি নত্তবনিন চোংথৎফম হেক উবদ কাওরম্মগ থাং-থৎপনি।

তোক :— মীনদি কালাবাজারগি—মধর্মিগীনি, করম্ম অদুক লায়ন থাম্নরিবানা হৌন লিচৎলা, আইম্ন মাগব্রা উক্কে— হিরম সদ ইবেম্মগি মোত করি নৈরিবগে ?

গোমা :— হৌনৈ হৌনদে, আইম্ন য়াই মাদে থন্নবিরিবশিং-দুবু দাজুগ ইমানী লুহোংবগি কবোক চাদুনা ভাবোক ওইবিহোব য়াওব্রাও ? ঐ কালাপা-হাড়গি মূপী নত্তে —, মান মাগি মুপীনি হায়জি ল্লগা ঐন ইয়ুম পানব খণ্ডবকান্দ মঙ্গোন্দ নৈন-ব খঞ্জরম্বা য়াই। ঐ কাংপোকপি রোমণী নি-ঙালনি ইঞ্জিনিয়ার পাখঙ অমন ইন্ফাদ নৈরো হায়রম্বদৈ মহাক থিব খণ্ডিকাওব হায়জুন

হোটেলদা পনবনি। শেল চাকুবে ইঞ্জিনিয়ারদু সমপেন্দ তৌখ্রে তাবম কনোমদ চোংসিগে হায়দুনা থোঙ নাম থাঙ্গং লৈব কুইরবনে।

তোকঙা :— ইবেম্মনা হুজিক চোংথংপিরিব মফমসিদ থন্নরীড় সমপেন্দ তৌরিব্রা রিজাইন তৌগ্রবা ঙাংকে ?

গোমা :— সমাপন্দ লৈরি রিজাইন তৌব নত্তে।

তোকঙা :— করিগুম্ব হাম হল্লকুবদি কমদৌব ঙাক্নি ?

গোমা :— মবু লৌথোক্কুবা হোৎলনি, ঙেমক্রগা তঙাইনা তঙ্গা ই ফম্মিনব হায়বত্তুনি।

তোকঙা :— য়াম্না নুঙাইজরে থেক্ক য়ু। ( চংখি )

( তোম্বা পরপ পরপ লক্লগা !)

তোম্বা :— অঙকপ ১ লাক্লে ইবেম্মা করম্নো -?

গোমা :— কয়ি অঙকপনো -?

তোম্বা :— হাম য়ানী ওইরম্বি, কিন্তু ইবী লৈংক্লে. মমুখম চংবা পাম্মি।

গোমা :— হুজিক্কি মহাকপূ লৌথোক্লে -, মহুৎন এন য়ানী ওইহোরে হায়ত্রাও ? মাগী মমুম ওইদ্রে হায়য়ু।

তোম্ব :— হায়জরবনে—। অদুবু ইবেম্মন অমুক্তা উন্নবীংই হায়।

গোমা :— চংহল্লকউ উম্নবদি য়াই। মী অতৈদি চৎহনগ্রোকো।

তোম্ব :— ফনি—। (চৎখি)

( মন্দুম পোং গোমা হঙ্গংহন্দা। চংলি মযুম ম:ক থেং। মফি মেংলপ লংকৈদ হন্নকপ মতৌদ লিস্থোই ল্লাক্লগ চপ লেপ ওক্র কোইমেং-থেংই থুংলিদব মতৌ উই )

লিস্থোই :— রামত হংজগে ?

গোমা :— করিনো হায়য়ু য়ানি। ( খৌশাদন পৈ-লৈ)

লিস্থোই :— য়ুমলিগি গবেম্মা ওইরম্বি প্রধানজীগি ধর্ম্মপত্নী লিস্থোই হায়বিহু লৈবিদ্রা ?

গোমা :— মাদি ডাকু ময়াম্বা কাপ্রে, জঙ্গলদ ময়ুম পামপ্রে। মাগি মচুংতা কুমারী গোমান প্রোমোসন ফংপ্রে ।

লিস্থোই :— প্রধানজীদি কদায়দা ? নহাক্না হায়রিবহু ঐ করম্ম থাজদগে ?

গোমা :— প্রধানজীহু থানাদ থবক অমগি চংখিমানে। শোলি ঐভোন্দ লিম্নরম্মি। মতম্ন ফংত্রবমিন চিংমবরাব মী কনামতবু য়ুমদ চংহনগমু হায়রম্মি। অদৈ করি হংবিদোব লৈরি? লোইরবদি কোস্থোং অসোমদ লৈরে।

লিস্থোই :— কুমারী গোমা হায়বিসি কালাবাজাড়গি হোটেলদ চা লাস্থোক লানসিন তৌবি, পোং লিংনব মীচম খওদে সিপাই ডাকু খওদে মীয়ামগি সেবা তৌনব থবি ওতবী মীনাই মুবীহ নক্রাও ?

গোমা :— ওকুবী মায় উব সতীদুনি, সতী মায়-উব মরক মরক জঙ্গলদ শাৎমুবি শিংেলদু মস্তে।

পিম্বোই :— চহি কয়া ঐন শেন্দুন লৈরকইব যুবনি, কৈয়োই লৈকাই কয়াদ হংমরবসু খঙনি। অহিং অম নঙন হূরাল চংলকুপ নিপাদুই মথীৎত পাউদক চায়সিল্লগ যুমসিগি মবেম্মা পাক ওইব য়াত্রাও অফাওবী। ঐম নওগুম্বী য়েমথাদ খোংব.ন্দ য়াইরেকপিগ মায়দুন থৎমব তনবগি য়ানি, মত্রবদি নঙক লাক্লগ ইনবদ খুদোল লৈতাদন খোংবান য়ৌনি খঙু। করম্ব আইম করম্বা সমাজগি চৎনরে লম ঐবু খ স্ব ছমদগে ?

গোমা —: চোপনিংত্রবদি হুজিকমক গেট আউট. পুলিশকী মত্তেংনা তাস্থোক্লবদি কজ্র.য়াই। চংনরোলদ আইন্দ য়েংউ যুংহিঙ্গোল সনা লুপা য়োৎকী উপূদ য়াওয়িব'শংসি মপু মাননীয় ঐগী নিপা প্রধানজীগিনি। ইবুংঙো মহাক্না ঐংঙোন্দা শিমহমা শোশি পায়রি — ঐম। মমাংঙৈদা কমাগুম্বিন মান চানবিরিঙৈদ শোসি পাররম্বা য়াই—। মতমহু হুজিক — ওয়াং নহাল ওন সমুদ্রদ তিনপ্রে-পতিব্রতা সতিগী হৌনবা-ইবুংঙো মাগি য়াথং ঐনা ঙাকপা তারি—। থাজবা

য়দব মী-জঙ্গলদৈ মত্রগ খৈদেন্দগি লাকপা কনাবু য়ুৰসিদৈ তাম্হোক্লব অধিকার ঐঙোন্দ লৈ।

লিম্হো —: কয়াদ তৌবা ঙমগ্রব মতম্না পোক্লকপ হিংচাবী-মোনেসেজু নঙ খঙনি, দাকু কৌরপ নমম তৎন কুহনগে হূরানবী নঙ—।

গোমা —: লমজাঙদ শেংৱোম্ক, চক্নাংদ জঙ্গলদ লাওবিরু পেন্দব কয়া—কোক্লব—। ঐগী হিংঙ্গোল মনুং-সিদদি লাংবীগম্নু তানীংদে—।

লিম্হো —: তোম্ব— মিয়া। মনাহু তাত্রা মিয়া তোম্বা?

(পরপ পরপ চেল্লকই—)

কালাবাজাড়ন্থু সিদ ঙহাক্ক লাও হায়রু থীল্লে।

গোমা —: নখৌ তৌ তোম্মিয়া—চৎলু গেট্টা—।

তোম্ব —: (মকোকহোংলপা): ঐ খংদ্রে—, খঙদ্রে—। (চৎখি)

(লিম্হোই কাখৎলগ চৌবিদ কম্মি, কোইনা মতৌ য়েংই—পোৎ চৈ য়েংই—বাখল তৌই)।

[কালাবাজাড় পরপ পরপ চেল্লক— লিম্হোইদা সালামতৌরে—। গোমা মিংশেল য়েং—মর্থক শেম লৈ—। বহিপায় হিংসাবম্নু য়েংখি।]

কালা :— করি তাকপিদোবা ইনেবেম্মা?

লিম্হোই:— কালাপাহাড়, হুজিকসিবু মঙলা তাইবংলনবৈ—?

কলা : —কৈদৌরবগে?

লিম্হো : — মম্মাংক্বাক্ল — ব্বাহোং শারগা মথৈ মতু ফল্লিবসি উত্রাও ?

কালা : — খোংবদ ক্বাক ক্বাক গা গা লাওথনিন কনানঙ্ ব্বাহোংনি হায়বিরোই।

লিম্হো : — মুন্ন ম্রেংউ, নংগি হোটেলদা কপ কেটলী কেংলম্মি চা লাংম্হাকহল্লম্মি মনাই মুপাঠু মত্রা হায়হুনা।

কালা : — মানি ম্নাইঙংন সনাগি মহুৎ শিল্লিবী।

লিম্হোই :— নঙন থায়নরবজাংলা লোম উপুদৈ অরৈব সনা লুপা হুরাল্লগ চেনখিবজাংলা। নঙ মাবু করিমত মুংশিত্রবাঙ ?

কালা : — হুরান্দুন চেনখিবনি, মচুইদমক প্রধানজী থানাদ জেলখানাদ ইকাইব থাংই। ঐন হায়ব ইন্দ্রবী লমকেৎ লমহায়বী ওইগ্রে। ঐন হুজিক মাবু মুংশিবদি মঙকসি থুক্রীন করুগ ঈ-চুপ্প কাওব ঙম্নি।

গোমা : — হৈ কালাবাজাড়! নঙ লুপা লিশীং ১,৫০০ য়োম ভোল্লি, শেন্দোইম্বু হন্দে ভারাম্বু পীদে থা কয়া শুরে। চয়োলসি মমুংদ ভারা পীত্রবদি শেন্দোই হুন্দ্রবাদ তাম্হোক্লনি খঙঙ্ নঙ।

লিম্হোই :— হুজিকপু নঙ থুক্রী মাওরক্ত্রাও?

কা : খুৎলাই য়াংজরক্ত আইন্দ ইথুৎন থিংজিন্নপ মৈন পোক-
ত্রা কিজদ্রুন।

লি : অদুগ নঙগি উপুদৈ সনা লুপা তুখিবগি থেংনত মীনাই
সুবিসিবু থারগ থাদোক ময়ামদ পীথোকথিবা য়াদ্রাও।

কা : থেংনদুন য়েংবদ য়াদ্রবনিন দরখাস্ত—থাজরনি।

গোমা : হৈ কালাবাজার মফম তাবব মন্ত্রী প্রেসিদেন্ট. মীচমগ
চপ মান্নরবনি. অপঙব নঙগুম থরদন খোইরু অকংবদ
খোইথী পক্লমথিদ্রা হায়দুন চুপ্পনি।

য়েংউকৈ—, উরিবোকনত্রগ খোইরাংখোমদৈ
সনাখাব অহৈব অমত্ত কৌরম্মু। চযোল অনীকাওব
তাম্মোকপিথিরোই।

লি :— লাকও কালাপাহাড় থাবাদ চৎলুসি। ইমানি বা য়াম্ন
তাম্নদোব লৈ, মহাজনম্মু উমরুসি। মসিগি মুপীসিম্মু
পাকিস্তান্দ থারগ লৌচৈ ১০ মুক্তং কনহল্লুব তায়।

কালা :— থঙত্রে করম্নো ভারাকপি উমাইবী থাকয়েন মরক্ত
হিংদোবসি। (চৎমিন্নখি)

গোমা :— লৎহূইদি খারাকফবি নোংশা অমোমগি পুথমদৈ
লেমহৌব খুল্লপ হিংবনে—।

# ২ । ২

( কাংলাপাহাড়্গি হোটেলদা, কক অম, খোড়া খর থারি, টেবিল চৌকি কৈরেংযুরেংব খরস্তু উই ।)

(কালান মাং থাঁ, লিম্বোইন ভুংদ ইন চিন্তা কিজেংন, চংলকই অনীদ্দু । কালান চৌকি কম্বোক্লগ থায় । )

কালা ঃ — লেংশিল্ল ইনেবেম্মা, থরাই মুংগাইমনথিত্রদ্দুন হোটেলগা কপ্প চংত্রে । বন্দক ঐবু ইম্বোক্ল থীন ইকাইব পীরম্লে চন্দাল মুখীদ্দুন । ঐ থভিত অহলদো থেংইবোক্ল মরাল লৈজব নত্তে—, অকাওবীদ্দুন নহানিন হেক্ত, হেক্ত শুম্বনে ।

লিম্বো :— নহাপিশক অদ্দুন থুদোঙ্গীদ লৈরগ মকোক ডাওনি ডাওরোই থণ্ডদন উংইব অহলদ্দুন্স, অওকপ মী নত্তেদা । ঐদি তাইবংপান্সি ইভক ভক্লে দাজু । নণ্ড মাখোদ্দুন ঐবু হুজিক শক থণ্ডত্রেকা হায়বজাংলা ইচিং চিংনরে পুক্লিংসে ।

কালা :— মহুমক্তি কদায়দৈনো ইনেবেম্মা । অহলদ্দুনস্তু ঐগি ইমাই করিমত য়েংবিদবনে । ইনেবেম্ম লৈত্রব মভুংদা মামোন ইমানীবু কৌরগা কোনলা মহীদ আজকালগি গুলীদ্দু হাপ্প পীজদ্দুন ঐ ডাওবনে, পংথদ্দুন শিরমদোব খিৎত বাংলি । ঐবুদি য়ুমদ কনাবো অম থংরগ

থিলহল্লে, অয়ুক কন থেংবকাওব জ্ঞান তাদে ঐ। গোমাদি মামোন অদুম, অদুম থম্বিহৌরে। ঐন লৌগে চৎলুবদ নশক থওদে, আদ চৎলো—অহনতদ ময়ুম পাম্লে হায়বে। (কপ্ল কপ্ল) ঐ জ্ঞান মাংলে ইনেবেম্মা, থানাগি বাবু অমপ ভান্ন. শাওনী মনগ্রঙ্গুন মাবোঙু কান্নবগ হুজিক পাম্রা জেলদ্রা থম্মি।

লিম্বোই :— নঙ মাবোক্ষু থাদোকব য়াদে। শাওগনু, থানাগ ভান্নক্ত সি।

কালা :— গোমদি থাদোক্ত্বা? বাম্নৌস্থু ইনেবেম্মা, ঐ গোমা থাবনব ওম্মোই—। ঐ ইথন্দ কল্লব ভাইবংপানসিদ করম্না—হিংদগে? (কপ্ল কপ্ল) থর ওক্তে হায়-বদনি মুপীদো ইনে, ঐভোন্দদি থোকউ হায়বদ থোকপ ভন্ফাখুদোপবে—। ওঃ ভন্ফাখুদোপ মাই-ওইবি, ইবেম্ম নঙবু করম্না কাউদগে? কপ-থোক্তে ইকাইদে, —থমুংগি থাইনমৈচাকসে থর ইংহ কপ্লগ। ভসিদি শেল চিল্লে লুপা ৫০/৬০ দংগি দরকার লৈরে হায়বদ মফি থক্ত হোংই, মমাইস্থু পাউদর থর চাইসিন মচিনথান্দ পান-কোদাং থর ভৈসিন, থওইন কেজদে. কজবন করিবো ঐদি মুম্ন স্নেংবরু ওমজদে, বাজার বেগ অম পায়রগ থৈদেন্দ থেক থেক; থুনীংবাংবি তোংসিন জগোই লৈদন হেক্ত চৌক্লই—: মতুংদ

ঐন মৈ থাগৎলা চাক থোংবরু সত্য, যেঙ্গাংবু মুন্দ্রিনে শরেং অম শোরো শোরো চিংল পুরকই—, করি য়েঙ্গাং থোংইবনো শাওরৈ। ঐন শৈলদি হংবরু লুপা—হূম্ফ্ তরা চাখুরমাংন··কাউবু কাউত্রি, ২০ চৎপি অহুমগ ১০ চৎপি অমগ্ য়োপ্পা থাদৈ। ওহ ইবেম্মা [কপ্পা] ভম্ফাখুদোপ য়াইওইবি। মঙবু করম্না কাউসিগে।

লিম্বো ঃ— কপকনু কালাপাহাড় মুংশিব হায়সিদি পাক কাউব য়াদবনি, মঙোন্দগি হেন্ন ফজবী অম নত্রগ মাগ য়ারবি অব ইনে থিবিগে মঙ মামোদা হ'ম থাদোকখিসি।

কালা :— ইবেবেম্ম, মঙোন্দগি হম্বরু পামজদে; হেঙ্গংপম্ম ইতিক নত্তে—, মহাকমক্কি ঐন পামজরিব—। মাযো লৌথোকউসি হায়রবদি গোম্মাবু ঐঙোন্দ হজ্জিনহনবিয়ু।

লিম্বো ঃ— হজ্জিন হনগে হায়রিবশি থাজত্রাও ? মহাজন্দু লাক্লগ ঐন মাবু নঙ্গোন্দ হন্দোকপিনব শিনগে হায়রেদনা—। ঐ নৈন নৈন মান মহাজন্দ নৈহৌব য়াত্রাও ? মাগি করি মতিক নৈদগে ? অহন্দুগি মরা অমত্তং ঐনা ভানীংঙ্গুন ভৌবনি, হজিকস্থ ঐন মাবু ভাম্থোকপ ঙম্মি।

কালা :— চা লোল্লুগে ইনেবেম্মা ?

পিন্থো :— লোল্লুনু ঐ চাকা থকনীংদে। থানাগি বাবুছ উয়রু উকিলগনু তাম্নরু—, শেল অচংব ঐন পুথোকনি। মণ্ড মামে'বু থাদোক্লবদি গোমা নংগি শোইদ্রে দাজু—।

কালা :— মাখোন ঐবু অমুক শাওনিদো। মতমসিন থাজব য়াদ্রব মতমগ ওইবে—ঐবু করম্নো খণ্ডদে—গোমা ! ইবেম্ম মণ্ডসি নশক্তি ফজরগ নহৃক্তি—ভেরাম-ফোনমুক য়াংই হৈ। ঐবু খণ্ডদেনে ইনেবেম্মা—, কর‍ম্না থাজসিগে—শারংদগি কৈ থাদোকউরগ ঐবু চায়কওই করম্ন থাজদগে ? শারং হাংউবগি মমা ওই—গোমা—ফংনি হায়সিবু ঐবু করম্ন থাজদগে খণ্ডদ্রে— |

পিন্থো :— নওন থাজনব ঐসি জামিন ওইন নঙ্গিদ লৈরগে। মহাক্ন ঐবু হন্দোকপ লাকপ কান্দ গোমাগ ওম্নসি হায়দুন খুর্ম্মো— |

কালা :— ইনেবেম্মন জামিন ওইন হায়বদি—?

পিন্থোই :— নৈতৈ মুপী ঐখোয়দি নিপাবু কমব হোংনব ভাবনি ইথবাই ফাওব মোম্থোক্লগ। নও মাখোবু থাদোক্লব ঐ নওগি শেবা ভোহুন লৈরগে গোমান নঙ্গোন্দ ভৌরম্ন শেবাদুমক মৌদ্রবনু—নও করিমত হঙ্গোইম্নু |

কালা :- ইঃ। কদায়দৈ, ওম্বোক ওম্বোকপ য়াবু—।

লিম্বো :- নও করিমত ইকাই হঙ্গোইমু, থাদোক্তব য়াদে অহলদু, মরম অত্তুন ইশান য়ান হায়রিবসিনি—'. ঐবু নও গোমানি অহুম থল্লু; ঐমু নওবু প্রধান-জীনি হায়ন অহুম থনগে। মতম মতমগি থবক পাংনব কর্ম্মনি, ইমর্জেন্সিদদি দোষ লৈতে।

কালা :— ইঃ, ওম্বোকপ য়াবু। হে মতম, নওগি খোংদৈ—সি কোকপু ভাওই হৈ—নতুং ইনবদ—। ইস করম্মো ঐবু, করম্মো ভসি। (লোম্ন হুহুন য়েং) হে গোমা ইবেম্ম, ভৌব ভস্মি. নওন মমিৎ থৎ থৎ চৎ থৎ অহলহুদ লক্কুরুবদৈ মথং মথং অঃ—কদায় কদায়—খণ্ডাদ্রে খণ্ডদ্রে—।

ভহাক পোথ্থাবিগে হায়রবমু কম থাজগে ভিংথোকপিয়ো——(কে-ন য়েংই)

লিম্বো :— ঐবু গোমাদোম কজদে হায়হুন যানীংদ্রবাও তম্ফাথুদোপ লোইবাও? চাক ঈশিং ঐ খোং-ংবিরমগে, হিপ্পব কম থারমগে। নও থানা উমরুবো উকিল উনরুরো—।

কালা :— হে হে। এ চৎচরে—। (য়েংলম্মগ চৎথি) (লিম্বোইন হৌগৎলগ ইমুং চং য়েংই. বেদ্দীং পুথোকই থারে—। ভহাক কোইন চৎ রাখল ভৌই—,

কম্মপ অমুক চিন্তা তৌই—।
ফক অনী থা, হিপ্পৰ শেম্বদগি থংলেপ লেপ—
ঊশৈ তায়, শকপ য়াওই য়েকে.দ´ নত্রগ অরাপ্প
খোন অমদৈ—।)

ইশৈ :

করি ধর্ম্মনো য়েংউ, মতম্—।
নঙগি শাজৎ ময়ু ঙাওসে ?
পোইন্নু থাগি উচি অমোম,
মোই-নোই লাওবি মুংশা য়াইজৈ,
ঙাথু থেংথু মশাবিদা—
মথুন্দৈ থোরক লৌবুকলঙ্কাংদ— ।

নোংথক্ত পাইব কাকয়েন্ন উখি,
থক্ত হুৰথ থঙহৌদে পাক,
লাক্ত পুগ্রে নোইনোই লাওবি,
কিবন লৈখুনদ মশাবি কোংখি।

লাইগি নোংদম নাওরিপান,
কাকয়েন লোংলে লৈমাইদ তা—।
মুংশা থবেৎ উচি অমোম—,
চেঙ্গৰকই মখুন তান্ন।

লম্মাংনরে লাইবক থীবি,
মথুন্দ পোংলম্মে রানী অম—,
চংহনবিদে লমলানবিগুম—
খিব থগুদে মশাবিম্ন—।

(রাথন্দ লুপ মপি তা ঈশৈ শকপোই তাবোইদু লোইবগ এস; আই, ধনবীর অমদি কালাপাহাড় চংলকই—। কালাপাহাড়ন অচা অথক চা থক্লব বেগ অমদ লৈরগ পুরকই—।)

লিম্বোই :— লেংশিল্লকউ ইবুংঙো চৌকিদ—। ঐ ইম্ফালদ চথোকপ ইকাইদুন লোং লৈরবনি, অচন ননাক্ক-লাক্কবনি। ঐখোয় নগু মাযো হন্দক্ক—মী মুপী মুল্লুবে—হায়দুন ভোবদুবু জামিন্দ থাব রাম্রাও ?

ধনবীর :— কৈদৌন রারোইদৌরিবনো ইনেবেম্ম? মী হাংলুইব ফাওব জামিন্দ থাব রাম্ম রাওই। মাযোন শেলসি অমত্ত তিংনিংখিদ্রে। অদুই মথক্কা য়ুমদ লৈদৌব কিরে, ডাকুশিং লাক্লগ শেল পীয়ু নত্রগ নথরাই পীয়ু হায়রনি হায়বগি কিবন সিকাইন নিংথিন ঙাক-লৈব জেলদ থম্মিয়ুসহায়দুন রাবোম্মে। হুজিক কাদোক মরক্ক দুরী থর শাম্ম অহাওবদ চারগ লৈ।

লিম্বো :- অং অং অতুই ওইরে—। অতুদি ইবুংঙো য়া অমা
তাকে, নহাক ঐবু কারুব ডাকু লুচিংব অনিহু
খুর্নাগ পাখং খরন হাং— খোংবান খাদ লৈহৌ-
রবনি Old Cachar Road ত'. বিষ্ণুপুরদৈ মাইল
৫/৬ চৎলগ। মখোয়হু কাবগী মনা কয়ানো লৈ-
বনি, মগু চৎলগ থিরু, মনাহু লৌ। নগু মা-
মোহু হয়েংলা হংচিংলা খাদোরকুব দাজুগ নখোয়নী
তান্নদুন তৌরু। সে খরচ ওইনব পুপা ১০০
সিপ পায়শিল্লু। ঐ লাকহৌরে লম্বীদ খেংন-
রম্মি, চপ চাব লৈভমদি খণ্ডদে খিউ হায়য়ু।
ডাকুশিংহু থিরুরম্বু নয়ুমহু মৌ অনৌবীন লুট
তৌজখিনি, পোৎ থৈদোকপ হৌগ্রে হায়ন
তাক্লম্মু।

ধন :— য়াম্ন মুংঙাইজরে ইনেবেম্মা— | দাজু নগু হয়েং
অযুক পুং ৯ দা ঐগ উন্নসিকো খানাদ। উকীল
অমগ তামরগা জামিন্দবু খারবম্নু কেশতু উইথ-
দ্রোবু তৌরবম্নু অম তৌদব য়াদ্রে। চৎচরে
ইনেবেম্ম।

কালা :— কনি লাকচগে।

লিম্বোই :— য়েংওই ইঙো, ঐ সিদ লৈহৌই হায়বদি তাকপিম্নু
মোংম নিনী লোৎখিগে খর ইকাইরে— |

(থেক য়ু—হায়বৈ)

[চৎথ্রগ মখোয়নী করি করিনো থর প্লেট্রগী চায়চন কোৎলগ চায়। হিপ্লব কম অনী কক্ত থায়. য়ারী শান শান — কক অনীমু খিৎতং অমুক লাপ্লৈ অমুক নক্লে।]

লিম্হোই :— নুহোংব মুখিত্তদি চাকলু:ক্ত নিপান লেম্ব কৈনো থজিকং চাবৈ হায়বনি ঐদি চাহৌদ্রে। তৌহৈ- ব্রাও?

কালা :— নুহোংব অহিংদি ঙানপ তেকপ চাবৈ. থোংহৌদ্রব মিন অতৈমু দোষ লৈতে। কাঙ্খলমু অহনব থদ্রে।

লিম্হোই :— ঐন মৌ অনৌবী ইকাইখৌবি শাহুন কম্মাংদ কম্মগে ফিরুক খুম্মগ। (তৌই — )

কালা :— অহুদি ঐন কয়ম তৌবা তারে।

লিম্হো :— নঙন ঐবু ইকাইদনব থেম্মো, য়ারী শাব হৌ- য়কও, ঐন হুয়াওনব নয়ল্ নথুম নতিক নয়ল উৎলকও।

কালা :— ঙসিগিসি ইকাইনদৌয়বনিন Love Marriage হায়চদি নদ্রে, লাইবক্ত তম্ব অহল লম্ময় হায়ন শিংময়গ শকা থঙনদন হোংলকপদ তায়েনে। থঙনদব অনী অহানব থঙনব।

লিম্বোই :— কৈনে অদুসো। গোমাগ নখোয়নী'বু লভ মেরিয়েজ হায়বদুরাও ?

কালা :— ঐদি পোকপদৈ লৈশাবী অমত্তগ মুংশিনজরক্তে। গোমা হায়দুদি ঐন সুম ভাবৰু মাগি লুহোংবা মুশিংতা নিপা ময়ুম য়ৌরগ মাই মুপান কা চান্না হংউবদ খুজিম খোংপ ময়াম চিকপদ ইহিং নাহিং শা হাসপাটাল য়ৌনৈ হায়। অদোম্বু ইপামদ লৈরিডৈদ খণ্ডন চানখিব নীংবা কায়হৌরব কয়া হুম্মোকপিরম্বগে ?

লিম্বো :— পাখঙ লৈশাবী মুংশিনব হায়দু ঐদি খঙজদে—। মমুরপ তৌব অমত্তুংদি ঐবু পীরো হায়দুন ইমাদ লিশীং কয়ানো হল্লম্মি হায়ত্রা।

কালা :— লুহোংকালদ ফম্মিডৈদ মুম উহৌদ্রে ইকাইশিন্নবদ, মাইখুমদু খিৎতদি হায়দোকও শক খঙনসি হায়ব—।

লিম্বো :— মাই ঙমজরোই ইকাইকৈ ইশক থীয়ে —।

কালা :— মীঙোন্দ ইকাইগে হায়রবমু ঐবুদি ইকাইরুনো, অঙাং মীরোল ভাত্রিবগুম খন্দোকও। ইহে, ঐন অসাই নঙগি ওইহনগে লৈরকপ খুজীদু বদায়দনো— ? ।

লিম্বো :— হুরাইসিবু হুন্নাম চিম্ভীকাদি কন্দেকো ? ঐখোয়

হুৰাইদুদি কিনষনা—।

কালা।— ঐ লৈরি করিষত কিরুম্ন। খুক্রী পায়দুম তুম্মি ঐদি। ( লোৱ চংখি— লিস্থোই তূম্বা হৌগ্রে। কালা পাহাড়ম্নু ফক অমদ থারগ তুমথগ্রে—, না-খোক্কুনা— )

লিস্থো :— তুম্মিগীদা মণ্ডপ চোইরোল লোয়ক্লুবদি হৌদোক্কু-সিকো ?

কালা :— হাও, হৌদোক্কুসি মণ্ড মুংঙাইত্রগম্নু—। করিষত কিরুম্ন ঐ লৈ। ইথৌনা কৈ হায়দুন ঐবু মীম দাজু কৌনরিবনি। ঐগী খুক্রীসি উবদ ভূত প্রেত চেনখিদৌজাংনি।

লিস্থো :— তুম্বদ য়াম্ন নাখোক্কনব্রাও ?

কালা :— ইমান পোকগীগি ঐদি তুম্বদ ঐন নাখোকপ ভাজদ্রি—। ( তুমথরগ নাখোকগ্রে )

[ঙহাক্তং চিকই, অনেম্ন Instrumental music peice অম খোঃই—। অনীদু তুমখিব মতৌ মায়ে। থাংন খোক্লুব ঈ তৈরব মতৌদ খোম মথুংদ লোকফমদ পায় নাহুস অমদি দুঃশাসন বান অয়ো লাওদুন (নেম্ন) চংলকই। লিস্থোইগি মমঙ্গদ উবনি। মণ্ড মায়ব Light অমদি musical effect, অনীদুন লিস্থোই মনাক্ত চংশিনবদ

লিম্বোইন থংলাও লাওই, অনীহু শৎ মাংখি ।)
( লালটেন অমম্ব ১ থালি ।)

লিম্বোই :— কনানো নথোম্ন ? কৈদৌবা লাকইবা সিদা ? ( মীৎকপ থোকই, কিব মতৌদ কম্মি, কোইন য়েংই দাজু হৌদে কই) দাজু, দাজু, দাজু ! (খুক্রৌ পামরগ দাজু কম্মি ফিংন )

কালা :— কৈদৌরে ? করি মঙ মঙবগে ?

লিম্বো :— কনা কনা লাকপগে অমুক্ত য়েংউ ইমুংসিদ ।

কালা :— কনা লাকপগে ? (কি-ন য়েংই থাংমৈ, খুক্রৌ পায় মশাহু নিকই ) কনাম্ভ লাক্তে, মঙহুম ওইরিনি ।

লিম্বোই :— ঐবু নহান ফারুব ডাকু অনীহু লাক্রম্মি ।

কালা :— ( কিন ) ঃ হা ! কদোমদ চৎখ্রে অহুদে ? (লিম্বোইদ নকশিন নিকই ।) অহুদা

লি :— নহাকপু কিত্রাও ?

কা :— মাম্ন শাথীব ডাকনি অনীহু, কিবুদি কিদে । (ফমুং অনীহু নক্লহল্লি )
তাইবংদ লাকপ নত্তে, মঙদ ওইরিনী ।

লি :— ভাইবংদদি কিবিদে, ঐন থাংন থিল্লগ হাৎলম্মবনে অনিদো ।

কা :— (মাবু কিহুন হন্দোকই)ঃ হাৎলম্মে অনীদো ? করম্মা ?

লি :— হন্দোকইবদি ঐবু কিত্রাও ?

কা :— কিব নত্তে, খংবনি, থাজদব । (নকশিল্লি)

লি :— হিদাক পীথক পংথহল্লগা থাংন থিন ঐন হাৎলম্মে অনীচু হান্নগি কাছাড় লম্বীদা ।

কা :— অং অওইবমক ?

লি :— শিগ্রব অনীহুন থাংন থিনভবদ মথুৎ মথুৎন পায় সিদ লাকলম্মে মণ্ডদ, ঐন লাওবদৈ মাংগ্রে অনীচু ।

কালা :— চৎথিব নত্তবা, সুব্রাইদ মাংথিবা । ( কোইনয়েং ) হিংলিদৈভদ কিনগ্রব শকশিংহুন শিন্ন ভম্নররবদি কনান কিরোইদগেদা । (হৌগৎল লালটেন পায় কাচীন কোইয়া অমুক কি-ন য়েংষ্ট) চৈংত্রেদা ।

লিম্বো :— করম্নো, তুম্ব য়ানি থাজত্রে । হৌদোকপ ব্রাই নণ্ডস্নু থর নকশিল্লকও কমুংদো ।

কালা :— হোয়নে মত্থন চুমদৌ মানে । ( নকশিন্নৈ ) শিন্নব মথোয়ন কৈদৌবৈ লাক শাব্রিবনো ভকই । হিং-লিদৈদ মী কয়া ভৎলম্মব মথোয়ন শিন্নবফাওব পেন্দহুন অমুক ঐগিসিদ লাকপিব্রিববু—

লিম্বো :— শিন্নবস্নু মরুন য়ুব হায়বহু ওইন্নমানে । মথোয়হু ঐঙোন্দ করিশুম্ন বা থন্ন হায়নাংবৈ মতৌদি তৌথি ।

কালা :— হা ? মথোয়হুবু অমুক লাকথিগ্রাও ? ( কি·না)

হুঁ, কিন্তু করিমত ঐ নৈ। তূমথরো ঐ শণ্ডগে, রাণী লৌদুনা, মথোয়ন হায়নীংব রা তইবংদবু নত্রবদি হায়জশগু, অমুক হল্লক্তনব, মণ্ডদাদি মথোয়না হায়জনীংব রা'দো করিনো হেক্ত য়া-থোকউ। মিৎকপ থোক্লগ ফবদুবু কৈদোহ হায়গে।

কিস্থো :— মণ্ডলাকুনি কিদুন তূমদব য়াদবনিন তূম্মাং শাংসি পাংব ভমদ্রে। ঐশাক্ত তূমথব য়ানব নভ রা'গী মচা অমত্তং লীয়ুকো। (হিপথি)

(কান্তান ফিজাউ হৈন থুকউদ মপুং অনী থম রাণী লীন লীন উশব মতৌ উই, অমুক লা ছহাক অমুক উই অমত্ত শন্নন)

কালা :— থাইন. নিংথৌ জান মতু মথং মথং ফজত্রবণ্ডাক থল্লগ ৬ শক হিবৃ মচা অমত্ত পোক্ত্রে।

করাম্রা নিংথৌ ঐগি ইছুৎ কনানা শিনবিতৌনি তায়বগি মুংশা চীদুন মহাদেবগি মন্দিরদ থুরুম্ব চৎলে। শাইগতাৎ ফত্তবী মশক্তি ঐথম গো-মাদোন ফজবী ১ থেংনরুরে। থুবাক ময়াদ নিংথৌ মচা পোকউ হায়দুন ইরম্মে। (উইরে থক থক তুরে, ফুক হৌগৎ কম) নিংথৌদুন গোমাসি লৌহন মুপী ৬ হানগি রানী অমংবিশিংন কয়া কল্লক্রে।

খায়নথিনব পাংহুন্দ হুক্সিন্নরে-ওক্তবী জাৎ কন্তবীনি হায়হুন। (অমুক উইরগ) রানী অমদি কল্লক-পোই য়েংখীবোই তৌহুন দাজু ঐত্তোন্দ লৈগে হায়রে। (মাথোক তুম্মে) তম্ব ওমদে তাইবং লাইবক।

[অমুক খোয়ক্লে ডাকু অনীহু ছুরী অমমম পায়, লিস্থোইদ নাহুস নকশিন্নকই, দুঃশাসন্ন দাজুগি মনাকলোমদ থমকা তৌর কিহন।]

লিস্থো :— অমুক লাক্লব্রা নথোয়নী? করি পাম্মি? ঐবু হাৎকেরা থাং পায়ন্নিবদে, পাপীসা!

নাহুস :— নঙন দাজুগি ময়ুমদ লৈরিব করিগিনো? ঐখো-য়দদি থৌনা অদুক করগ। মীমাইসুবিহু ত'স্থো-কখো। অচুম্ব পায়ন্নবদি?

দুঃশাসন :— দাজুবু নঙন য়াম্ব পায়ন্নবদি ঐ হাৎতোকপিরগে। থাজবন্ন হাৎলগি।

লিস্থো :— হাৎপিগন্নু মীহাৎপশা হাৎপিগনো—! (থংলাওদ অনীহু মাংখি, দাজু থঙহুন মীৎকপ থোকই)

দাজু :— [হৌগৎলগ কোইচেন লাওহুন]; মীহাৎলে মী-হাৎলে, ঐবু থর কনবিয়ো, ঐবু থর কনবিয়ো। ইহে, ঐবু—

লিস্থো :— কৈদৌরবগে দাজু কৈদৌরবগে? [থংন]

( নেমথক্তুন ফম্মগ ভাংনৈ )

কালা :— মংওই হাওই হাৎপিন্সু হায়ক্তুন লাওব ভাবদ ঐবু হাৎথ্রবা হায়ক্তুন লাওরুবনি. খর কনবিয়ু হায়ক্তুন। মখোয়দু অমুকা লাক্লমক্রাও ?

লিম্বো :— লাক্লম্মে থাং শীংজনা।

কালা :— অং—।

( কালা থংই, হৌগৎলগ অমুক কোইয়েং )

কালা :— ইমুংসিদদি নৈব উদে—। মতদ ওইব তারে—। করি করিদি হায়রম্বা ?

লিম্বো :— ঐবু নঙোন্দ নৈবগি শাওরম্মি, অচুগ

কালা :— মখৌ করি নৈ হায়গে ?

লিম্বো :— অচুম্ব পাম্লবদি মীনাইমুবী গোমাবু তাম্বোক্তব করিপিনো হায়—।

কালা :— মহুবুদি চুম্মি। হা হা ! শিত্রগ ডাকুশিংমু অচুম্ব পাম্লকপোইরে !

লিম্বো :— ডাকু অমক্তুন ঐন নঙবু য়াম পাম্মবদি—'হাৎলগে দাজু' হায়ক্তুন থাঙ থাংগৎলে—। ঐন হাৎপিনো হায়ক্তুন লাওব তাবদ—নঙমু থংক্তুন হৌগৎ 'খর কনবিয়ো হায়ক্তুন লাওব—ওইরমানে—।

কালা :— অক্তুনদি অশিবশিংন হায়রিবসি : গোমাবু ঐঙোন্দ পীখো—, ইনেবেম্মবুন 'মাযোদা হায়রিব ওইরে।

ফম নোক্লিংহৈনে: অরানবদ—ভৌরগ মপুন্সি লেনগ্রব ডাকু হূবানবশিংসু শিরগ অচুম্ব অকব পান্মকপ ওইরে।

লিন্থো :— তূম্ব য়াররোই নোংঙান্দোব কয়া রাৎলিদগে,

কালা :— মৈৎনা ইশিং শিংলে, কুইররোই ঙাল্লনি।

লিন্থো :— অমূক তূম্মনুসি রারী শাবগ নোংঙাল্লসি। কঙন রারী অম লৌখিঙুম ভৌবদায়।

কালা :— নিংথৌ অহন মুপী অতোনবী অম লৌরুবদে হায়গি তয়েৎতুন কল্লকুতুন অতোনবীবু ঙাম্থোকখিনব লাক্লবৈ রারীনি।

লিন্থো :— রানী অহলছুদি শাওনীংমনগ্রহূন নিংথৌদৈ থায়-নরগ দাজুদ দৈরবে কাম্বত্রা করিনো ?

কালা :— ঐ উইরুয়ে, নিংথৌপি রানী অহন্ন ঐঙোন্দবু কদায়দৈ—ফন পামজরবসু ঐন। হে-হে-মঙ হা ওইন লৌখিব রারীদ ভারে।

লিন্থো :— হয়েংদি নঙ মাথোবু শোইদন থাদোক্লব ভৌব তায়।

কালা :— ফনি, গোমাবুসু শোইদন থাদোকপিব।

লিন্থো :— হৈ, নঙ ঐবু পামজ্রে ?

কালা :— ইতিক ইপা চাদবন, মঙ লাক্লপনব।

## ২ | ৩

(প্রধানজীগি য়ুমদ টেবিল চৌকি যোরা কয়া থারি, মতম অয়ুক পুং ৯ তাবদনি।
আরাম চৌকিদ কে·ন কম মিংশেল মাংদ থা—গোমা·কয়নবদে হোগৎ তোম্ব মিয়া কৌই।)

গোমা :— তোম্বিয়া--। নঙবু ঐন কৌব তাব মক্ষমদ লৈয়ু হায়রগ কদায়দ চৎলিবনো ? রিকশা থৌব রাগে ভোট লেপকনি, এম, এল, এ, মন্ত্রী ওইরগ শেল তানবন বাদব হেল্লি. হায়বত্থ শেল য়াওবন পঙলিব লৈবাক্ত ভোট কংব য়াত্রাও ?

তোকঙা :— স্না ইবেম্মা, ননাই ঐবু চংজরকপ য়াগত্রা ?

গোমা :— করিগিনো ইবুংঙো ? নঙবু কনানো ইমাদি কাউরেনহায় ;

তোকঙা :— ননাই ঐ ইমিং আরকে টোকঙা কৌজৈ, প্রেস ইন্টরভিয়ু পীবিনি হায়দুন ননাই ঐবু খবর ময়ামগি মীহুৎ ওইন থাবিরকপ।

গোমা :— ওহ আই সী, সিট দাউন—কম্মোলাও। ঙাই-থোনবৈ খবর রা অম হংগে ? ঐপি ইশু অনীথক অমন ডোক্তর তম্মিংই অমন ইঞ্জিনিয়ার তম্মীংই

হায়ভুন কপ্নরে— । আজকালদ সিট অমমমদ লুপা লিশীং ১৫/১৬ না য়াদে ২০ য়ৌগ্রবদি লাইরিক কন করবস্থ কংগ্রে হায়ব চুমগ্রাও ?

তোকণ্ডা :— চুমমনি ইবেবেম্মা, ঐখোয়দি কালাবাজারগি অহুস্থ ভাওহু ইব য়াদে. চেং চিনি থুমগি নত্তনা।

গোমা :— নৈবাক্তি কামদৌব বাদি ইত্রগ থুম থাওগি দোকান্দ কংলগ খণ্ডব মমল, শন রাইনবগি পাও ইহুন নৈরগ্রাও ?

( ভোম মিয়া লাক্লগ খুরুম্মৈ )

নণ্ড কদায়দ চংলুই, ভোট খোম্মুগ্রাও নচিম অরেম্বদা ?

ভোম :— মাইবুঙো থাদোক্লব উকিল খিরুবনি, দাজুগ চং-মিমগ্রে হায় ;

গোমা :— নণ্ডন ছুক্তিক খুরুম্মিবহু ঐঙোন্দমা, ঐন পায়রিব শেঙ্গাওগ্রাও ?

তোমা :— অনীবক্তনি সমা ইবেম্মা ।

গোমা :— নণ্ড হন্দক কেন্দিদেট ওইবদি শোইগ্রেনে ?

ভোমা :— ক্ষেত্রিগাও ভোটরশিংন ঐবু লেপ্তব য়াদে হায়ডুন বার্ত্তোন—

গোমা :— ভোট্রী অতো নচিম খোমদৌব নন্ত-ফুরিংখাওন খোমদৌবনি-রা ভাংউম্নু, অমেম্বদ লেকচর তৌরুহু।

তোম্বা :— অদুদ ইন্দোনসী, ভোটরশিংন করি পোলিসি প্রোগ্রামদ ভোট খোম্বিবনো হেক হেক হংইয়ে।

গোমা :— অদুগিদি ইনাকখুনবগ লায়রবগ পূম্ন চাংহন্নি, অইরব নৈভব মন্নান য়েন্ননি হায়নজিল্লু, নাগালেন্দ য়াওনীংবন নাগালেন্দ য়াওহন্নি মিজোরামদ য়াওনীংবন মিজোরামদ য়াওহন্নি হায়জিল্লু।

তোম্ব :— ইনেবেম্ম। শেলদ ন্নাংহনবিম্নু কাবদি শোইন্রে। মীচং মীথায়নায়জদবন হায়ন্নিবা. শেলবু পীরবদি তোংগে হায়ন্নিমখৈ য়াজব ন্নিকশানি।

গোমা :— তোকপা ইবো, নখোয়গি খবরদ ঐগি ন্নাবু করি হায়নন্নিবগে ?

তোকপা :— শক্তিলৈবী দেবী অম থোরকলে, দাজু কৌব হি মচা অম তোংলগ লোকতাক ইতাক লান লমহূই নিংথৌগি কোম্নুং মুনন্রে, লমহূইবু জেলদ থমন্রে, ন্নানী লমহূইগুবুন আন্দামান্দ থান্রে। মান ন্নানী ওইরব য়াই হায়রৈ।

গোমা :— গুদ, মহু থাজনব খবরদ মুক্তিগি ইয়ু। তোইন লাওন্নগ অপুডব প্রজাদি হেক থাজবনি। খৈদম অনৌব মন্নাদ অনৌব প্লোট মন্নামদো নঙন পান্ন-জবা ৫ খজো।

তোকপা :— য়াম্ন মুপাইতয়ে ইচেমশি। মনাই ঐ হঞ্জরগে।

অপাম অপাম্বচু ভাকপিরকউ ইজগে।

গোমা :— করে চৎলো।
তোম্বমিয়া মও, ট্রাইবেল পাখণ্ড মশক কজব, মপা মামব ঐথোয়গি লোংগা চহি ৩০ মুক্ত ওায়ব অমম্বুং খিরকউ হায়বদু ফংত্রে।

তোম্বা :— করি ফংদগে ফংনি, চাদা মাওদাদ বৃত্তি ফংনব খুদোং চাব ফংনব।

গোমা :— হৈস, অচুই মস্তে, ভেট লেপহনগে তৌবনি।

তোম্বা :— মৈতৈদদি কর করব নহারোল লৈপ্রেদা সনাইবেম্মা।

গোমা :— চরোহৈ, মৈতৈগি মুমিং তাপ্রে, পাল মাইবেন চাব ভনি। (তোম্ব চৎপ্রে, গোমা মঙ্গৎ-মন্দা চৎ-লমহৈদ Tape reccrd ভগি ঈশৈ তায়, মাম্ব মতুং ইন শকই)

ঈশৈ

কনাম খওনি ওসিদি,
হয়েংন করি পীয়ব য়াই?
রাখন মণ্ডলাম্ব পাইখৎলু,
মণ্ডমগি লাইবক শেমনব।
করিগিনো হৈ চাকনিবা
কণ্ডূন ওাক নিরিববো?
মুংওাইরগ শিংগেম্ব মহায়য়,

কিহন্দুমমু মবেংউ।

মুপাদ পীব টিকেটম,
চিঠিখেলাদ লাইবক বেং—;
কাওরে ঙশি লখা অম,
শেঙ্গাও পায়ৰি গোমা।
লোকুজ-দু তাইবং যীশা,
ঙসি ভোম উৱিৰ-শিংদো
কমান খঙবগে হয়েং-দি
মখোঙ পায়ৰ থুৱম্মুৰ যাই।
( ইশৈ লোইৱকপদ ভোমমিয়া চেন্সিল্লক—
ভাকলৈ )

ভোম (হয় ওন): মাখো লেংলক্লে ইবেবেন্মা, মাখো লেংলক্লে—।
গোমা :— হা ! কদায় যৌহোয়ে, ওক্লুসি লাও।
( মিংশেলদ মমাই মমীৎ তৈথোকই হাথু হাথু, তৈখেৎ থি তৈ ওক্লুৰ চে মচেৎ অমগা, ইয়াংলাংই।) ভোম নঙ ইশিং অশাৰ থৰ মুম্মু, চা অমত্তুং হায়
(মুগা ইৱকিন মকোক থুৱ ইৱপ ইকাইন ভম প্ৰধানজী চংলকই, কৈজোম সার্ট—, কোট ওক-শমথুম লিৎলি। ভোমন চেজেৎ পায়, গোমান তৈখেৎ খেৎচম্মি।)

মৈ ওক্লগ—(চৌকিদ কমহল্লি ! )

গোমা —তোম্ব ! চাগ চানব থবগ, ঈশিং শারবাও ?

তোম্ব :— পুজরক্লে লৈবে, ঈশিংসু শারে ।

( চেনখি, পুৱকই, পীরৈ চা ২ গা প্লেট ২ গ—,

গোমান কপ্পোকই ।)

প্রধান :— ( চা থক্ক থক্ক ) : শেল থুম পোৎ-চৈ মাংদেকো ?

গোমা :— কৱিগী মাংউদপে এৱন শণ্ডিৱো ।

প্রধান :— ডাকু ডাকাইতি কনাবতা লাক্লৱদে শেলগি ?

গোমা :— কনাস্ম থোইদোকপ লাক্লৱদে শেল মাংহন্নব; মাংহল্লবসু ঐদনি ।

প্রধান :— ঐবু থিব মীস্ম লাক্কেকো ?

গোমা :— লাক্লম্মি অমদি সুপীনি, লমচৎ শাজৎ মকম মরাং থঙদবন, মবুক্লিংদ করি থল্লমদপে চিংনবন মা-মোগি য়াথং ডাক্রুব য়াদত্নন চংকন্দে ডহাক কং-লৈংব কংমল্লগ । পেট আউট অদুম ভায়ৱ্রে ।

প্রধান :— লমচৎ শাজৎ মকম থডবব, মবুক্লিংদ করি থল্লমদগে চিংনব ছায়ববদি কমদোৱভাংনো ?

গোমা :— হুরান চিস্থী, ডাকু গুণ্ডাগ শঙ্গ তৌরুবা, চীংমায়দ জঙ্গলদ সুমিৎ কয়ানি ট্রেনীং চংলুরবা, মীৎয়েং লাকয়েং চুমদবি লিম্পোইবি লাক্লম্মি ।

প্রধান :— লিম্পোইবি ! মাদি করম্ন লাকই ছায়বগে ?

গোমা :— চেয়কপ ওইরব যাই, নত্রগ মাবু শেল লৌরুচো হায়ডুন স্প্যাইগুন থাদোরকপ। পূমওল ওয়ে, লোইয় পোৎনি হায়গি ইনেবেম্মচু নত্রে, ঐগি য়োত্তা।

প্রধান :— মাবু ছৰিক কদায়দ লৈবগে?

গোমা :— দাজুগ চৎনিয়ৰি, ঐবু য়ৈহন্নি হায়ডুন কৌরুবনি। ঐন থীন চৈরগ তানগ্রবনি। থওদে মথোয়নীচু কদায়দ লৈরমগদবনো।

প্রধান :— নওন ঐঙোন্দ লৈবসিদ দাজুচু করিমত শাওত্রবাও?

গোমা :— মাগি মথৌ করি লৈছুন শাওদৌরিবনো? ঐবু মাগি মুপীয়াও? ঐন অপাম নিপাদ লৈবদ অপাম্ব পার্টি য়াওবদ কনাবতগি মথৌ লৈতে। ইনেবেম্ম হায়ব দাজুন মাংহল্লে, হায়গি মকমসি হজিনব ইকাইয়নি। বুক-হায়সি ঐস্নু চাত্রি চাক তায়রম্মিবনি ( তোমন প্রধান হৌগৎলগ ইমুংদ ইরুজরুই মমাই-মমীং তৈথোকউই, গোমাসু চানব শেম শাই। টেবিলদ কম গুহাক চাথিয়রে য়ায়ী শান শান )

প্রধান :— তোম্ব নও দাজুথোয়দ চৎলগ মনেবেম্মচু কদায়দ লৈ হায়ন তাবগে অমুক হংলকউ।

গোমা :— করি মরকায়গি ডাকুগ জঙ্গলদ লৈরুবিচু থিরি-বনো মাগি মহৎ ঐ লৈরিবসিদি?

প্রধান :— ডাকুশিংছু কমদৌগ্রে ? মান করম্ম হিংলকই হাম্বব খণ্ডনীংইদন।

গোমা ঃ— মঙ্গোম্দ হংত্রবম্ম ঐ লোইন খণ্ডে। খায়বৈ কাছাড় লম্বীদ ডাকু মণ্ডা তরুকু পুবগ চীং কাবদা চানীংতাই লৈরক খুন্দ চংলুবদ খুম্লাকপন কনবি-রকপনি, ডাকুশিংছুন হাৎতোকপ্রব, খৌবুমগি গ ড়ীন পুবিরকমানে, চাদখক্তবগ চীংকাবগি রাবগ মশক্তু লোইরে য়েংনীংগ্রে।

প্রধান :— নণ্ডবু চৎপ য়াওরুব্রাও ?

গোমা ঃ— মান তম্বৈ মথং মথং তানরকপনি। করিগিনো জামিম্নকা অমত্ত লোখোক পিরক্তনু হায়রিবো ? জেলদ লৈবন য়াম্বা মুংতাইব হেনব্রাও ?

( চাব তোক্কে খুৎশা হাম্মে, কমুংদ পোত্থানব তৈরে)

প্রধান :— য়ুমদ লৈরগ ডাকুশিংছুন শেল পীয়ু হায়রুন লাকপ য়াই হায়বৈ কিবন জেলদ অদুম লৈবন কপত্রা হায়-রুন খানোম্মিবনে। ডাকুশিংছু হাৎগ্রে তাছুন খোরকইবনে।

( দাজু খোংঙ্গ্রাও অচোনব শেৎ, নেকটাই কোট কেন শেৎলিৎ কন্দুন লাকই। লিম্ফোইন কনেক মপান নাইব মপান্দ শেৎ, মমুংদ শালবার নত্রগ লোংপেন্ট অচিনব অম শেৎ, হকচাং ভপ নম্নি

মুইটর থূদাং কক কজ্রপ চোম অম লিৎ- শাল ইয়ফি অমম মকোক উভুবি শারগা থূম, ইকাইব খাম তপ্লপ চংলকই।)

দাজু:— নমস্তে। মমাই ঐখোঙ্কবু চংজরকপা য়াপত্রা?

প্রধান:— চংলকও চংলকও, ফম্মোয়াও।

(বেল বটম শেৎপি সার্ট মথক্তা মুইটর লিৎপি, শাল মতেক ইনবি গোমান যোড়া কজ্রপ চৌকি অমী শক মুংশিদব মতৌদ থায়।)

দ'জু:— অহে হেম! (অমত্তুদ কম্মু হায়ম ইঙ্গিৎ তৌই।)

(মতুং ওম্ভোক্লগা লিম্থোইন ফম্মি)

প্রধান:— কেসকি বাজু কমদৌমরে। উইথজ্রো তৌব য়ারব্রাও

দাজু:— থানাগি কেসকিদি য়ামরে। ঐখোয় মশেল য়ায়-গদব রাকম অমদি লৈরি।

প্রধান:— করি রাকমদি-না? (লিম্থোই মমাক্ত চং) সিমমা নঙগি অমৌবিয়াও? (ফিরুক হায়দোক-উই শাঙম কম্থোক মমাইদু খুমজিন্নি)

হৈ! করিগি অদুক ইকাই হঙ্গোইমা?

দ:জু:— কেস উইথজ্রো তৌজো হায়রবদি গোমাদু ঐডোন্দ হন্দোকপিয়ু হায়নবা ইনেবেম্মগা।

গোমা:— গোমাগি মরা তাদনা তাংনরুরিবা? গোমান য়াত্রবদি তাংনরুব মুপাদু ওইন হন্দোকপ তারে।

লিম্বোই :— নও তুম্বিন দৈখো, তৌব ওম্বি।

দাজু :— অরুপ বা ওাংনম্নিতৈন ম্বাওরকম্বিনো—বশক নতৌম্বু ঐগোন্দ কজবনন্থ অওাংনে নও।

প্রধা :— ওাইখো—গোমা—। হুজিক নওন পাম্মিনবু কেশ উইথত্রো তৌরুরে সুপী অব বুহোংনব শেল পীম্বু হায়ব্রাও ?

দাজু :— সুপী অতৈ পামজদে মানো, ঐগি হাম্নদো হন্দোকপিম্বু।

গোমা :— কমানো নংগি হায়ৈ হাম্নবনো—? ঐবুরাও ? ঐবু নওগি সুপীরাও ? ঐদি মামোদা বুহোংলে, আশা তৌরুরনো মনেবু।

প্রধা :— ওহাক্ত ওাম্নখোনে গোমা। হা দাজু—?

দাজু :— ৫০ রুক হোংগে হোংউ, ঐন পামজবসি হায়গি ঐগি তম্ফাখুদোপকুম্বি গোমা—নত্তন অতৈ নৈজদে—।

গোমা :— মসি ওম্বোক্পা ইকাইব থওম্বিত্রেদা—।

দাজু :— মচুনি মুংশিব হায়নবু, মুংশিবগিদমক কমাম্বু ঐন করিগিদমক ইকাইরুদগে ? মামোবুদি মীংজবি ইনেবেম্মবু হজিনবিহৌ, ঐখোয়গি ইতিক চাব নচ্চদে।

প্রধা :— নমেরেম্মন করিগিনো ময়ুমদ ইকাই হজোইবওম

অমদি ঐ জেলদগি থাদোকখ্রে খণ্ডলবমক্তদ য়ুমদ ঐবু উন্নব লাক্কন নওপ সিনেমা য়েংউত্রা মত্রগ—

গোমা : অঙ্গলদ লক্মাংদ কোইরুত্রা ?

লিম্হো : অকাওবি নও ঐহোন্দ উশিংথোওইদব য়ান করেম্ম-রক্কনু—। মত্রবদি চোমচনি।

( থামদোকই নিপা ২ না )

জেলদগি লেংথোরক্লগ মকম খণ্ডদন মাংউরবি ঐহাক ইস্কালদ লৈরে তারমকাওব কদায়দ লৈরিদগে খিবি-দন, মীমাইসুবি অমন য়ুম শংবিরে হন্নাওহুন মনাক্ত কুন লৈথোকইববু ঐবু কনানো? লম্বীদৈ তারম্দা থুন্নকপিরা ? লুহোংফালদ ফন্নক্তবিরাও ?

প্রধান : হুমিত, ঐ য়ামনঃপ্রহুন অহিং জেলদ কাওন তুম য়াদবদৈ চাক চথোম অমা চারপা-নওমু লাকপা য়াই হায়না থাজ উইরুবদৈ তুমথোকউরে। মওসু কিম কিরবতাক্ত মওগ্রে—। ঐন অমরোমদ চিংনরিবন-করিগীনো মওন নয়ুমদদি হন্নক্তনা—মীগী—।

লিম্হো : ঐ য়ুমদ হল্লক্লম্মি মীনাই সুবী অমদা শোকা শিন্নংমবুক খণ্ডদবা মী অমত্ত চংহনগসুকা হায়রম্মি হায়রহুনা অরেম্মদ থংনবা তারে ইকাই হান্নহুনা থাংবনি, থোর-কখিসন্থ অহুপ বা শেংদোক্লগে থন।

দাজু : ঐখোয়সু মওদ করিনো শিপ্রব তাকুশিংহু লাক্লগ

মুপী ওমন্নিব কন্নিগিনো হায়ছুন হাৎকে তৌরম্মে।
অচুম অরালগি বাসি শিপ্রব ডাকুশিংমু ম্নাম্ন খণ্ড্ডিনে
তুমদোব কিনরে মখোয় লাকুত্রা হায়ছুন।

প্রধান: হোয়নহৈ, ওরাং নোংঙাল্লমদাইদ মণ্ডন খুক্রী অমা পায়, নাপা অমদি মিজোপি তা পায়ব খাওপায়বন ঐবু হাৎকে তাম্নমখসিন কন্নিনো ঐবু হোরেল তুম্ব কিদৌরে।

দাজু: কব্বি হায়রম্বগে মাখো ?

প্রধান: মণ্ডন গোমা মঙ্গোল্দ পীত্রবদি খুক্রীন ম্নানগে তৌরে ঐঙোল্দ। ঐন গোমাদি মণ্ডবু পামদে হায়রে-অদুদ মণ্ডন ঐবু পামত্রগা মিজোদ নাগাদ পী:খোকপ্রগে, মাখোপি কৌসিনবিমু ঐগিদু পীবিরো হায়রে—। নখোয় অহুম্না হাৎকে তৌবদা ঐন লাওবা হায়বদুদি-গোমান হৌদোরক মিংকপ খোকইবনে।

দাজু: ঐখোয়দমু ইনেছু মণ্ডলাক্লহুমা ঐন হৌদোকই— !

প্রধান:— অদুনদি মীনমু লাইনমু ম্নামব. অহিংদমু মণ্ডলাক্লদনব—অহলনি ঐ বায়েনগে, বা য়াম্নমুসিকো; লিম্ফোইন ঐপ নৈহৌব তারে, গোমা মণ্ডন-দাজুন চৎপ্রো—নখোয়নী লুহোংনব মুপা লিশীংগি চেক অম পীরগে।

গোমা:— লিশীং অমন লুহোংব ওকপ্রা হুজিক্লালদবো, অহুম শুমব পীয়ু-নত্রবদি·ঐ অভোম্বী ওইন নৈহৌখিনি

লিস্থো :— শক নঙগুম্বন লুহোংবদবু লুপা লিশীং অম-চংগম্রাও-লুপা ৪০/৫০ গি কবোক লৈয়গ চাওন লিশিং অহুম পীয়ুকা হায়রদুন নুমিৎ হুম্নি য়ুম শংলম্বগি—। ২০/২০ মোংবগি হিসাবতা লুপা ৬০ পীরগ মতিক চারে—।

গোমা ঃ— শক নঙগুম্বক। হায়রদুন, ঐবু মোংমদ লুপা ২০ চৎপি-থাঃ, ভঙ্গলদ, চৌংলক্ত দাকু মরক্ত মাংলুবী নঙন ঐত্তোন্দগি কব্নি হেল্লহুনা-। নঙবু পাম্বিদহুন নখোয় হন্নুবন ঐত্তোন্দ থেম্মকপনে লুপা ১০০ চৎপিন থার্ত্তোন ত্তৌরক—।

লিস্থো :— ভঙ্গলদ চৌংলক্ত ডাকু অনীদু হাৎপ চৎলুবনে, নতৈ ননাওন কল্লক য়েংখীবদগি ড'কু নেক মাংতাক্লব শিনবহুদৈ ইথবাই কঞ্জনব লান্দ চৎলুবনি। নঙ-গুম্বি খৈদেন্দ য়োনবি, মথাদ ৫/১০ পীবদু নত্তে, নচীনখান ভাংবগি নখজাইহুদ খুবাক্ল থাওরা-ব'মুনবি—? ( চোংসিন্দুন ফুগে তৌবদ নাস্থোকখি-খামদোকখি )

গোমা ঃ— ঐসি নখোয় হন্নুবসিদ লুহোংলুম্ববনে, মান য়াম্না পামজবদগি মমাই ভাকপিব। ঐন মুল্লুব নত্তে। নঙদি ঐখোয় মুপাবু মশান য়াদন ঐগি ইতুংদ মুনগে লাক্লবহু নুমিৎ নিনী হুম্নী নমায় পাক্কবা

রামুনবি। ( থাবদোকনৈ )

লিম্থোই :- থামস্থ কমামত, ইকাইব নাইদবীসি উশিংত্তে ঙৈব্রব য়াদে, হল্লোকউ। (মকি থম্মি-শেম্মি )

গোমা :— থামগস্থ, অহানবৈক্থ অহলনি হায়র্থন হনবিবনি হস্থবগি মতুসি গুসিদি ফুদৎলমগে। ডাকুশিংন রায়কপ রাৎলমানে। ( মকি শেম্মি )

[চোংশিম্নরগ মথুৎ মথুৎ পায়নৈ, লাকনৈ মশম ফোইনগে ভৌবদ-থাবদোকই—, অমুক চোংশিম্নরগ লাক্লে কানৈ গুহাক। প্রধান দাজুদ মবিৎ থৎলগা থাবদোকসি হায়বদ কায়, দাজুনা অনিথ কান কান মখোগুনা কাওদোবনী লাম্নৈ, সুন্দ কাওই। অনীথুন কাদোকই।]

দাজু+প্রধান ;—ওক্লে তোক্লবো থম ফুনয়বদি সুংগাইভবা কয়নি।

দাজু ঃ— পুজপ্রগে চেক হায়বক্থ পীবিয়ো।

প্রধান ঃ— পীগে পুপ্রো। (কুম্বিংথাওদৈ চেক বই লৌথোকই·। ইগে তৌবদা—)

গোমা :— লিশীং অহমদৈ তাবা য়াদে।

লিম্থো :— অম মকস্থ নরাইবক কৈ ২০ চৎপি।

প্রধান ঃ— তোক্লবো লিশীং ২ ইয়গে ইবেম্মা।

গোমা :— নগু চৎলম্মো দাজু, ঐ য়ুমসিদ অতেবী ওইন ৫ নীদ লৈহৌবিগে-থুৎপেম ফুব য়ানবা।

লিম্বোই :— কিরদ্রা হিংচাবি হুরানবিসে।

প্রধান :— ভোকুরো লাওনরনো—। সে দাজু লুপা লিশীং ২গি চেকনি। শাওনরগুমসি—।

দাজু :— থেক য়ু—। সে নগু পায়য়ু।

গোমা :— অদুম পায়য়ু-বা—। ঐ শাওনিংই পেলহৌদে হায়বিগে জঙ্গল তাবি, নগু হনুবসি চেকসিম শেনজো, হন্দকমুক ঐন লাকুবদি থাদোকপৈ থবক নৈতে, খগু্ —। (চৎখি ২ হু)

( গোমাবু পোরগ দাজুনা পুগে তৌই। )

দাজু :— রিকশা ফংলরোই, পোরগে?

গোমা :— দাজু নগন ঐবু পাম্বসি রাজনীতিগী মন্ত্রী ওইনীংবদৌন ইকাই ইকি খগুদ্রবজাৎলাও?

দাজু :— হৌদোগন ঙা পাম্ববু সনসগোলন নোকুরগ হুই ঐন ইকাইবিদ্রাও?

লিম্বোই :— অসুম হিংচাবীসিবু য়ুমদ শো পায়হন হনুবা—, ইকাই খগুদবা! ঐ নগুগ নৈমিম্নবা গুম্বরোই খায়নরসি। ( পৈথোকই )

প্রধান :— স্মর গরল খণ্ডনং, মম শিরসি মণ্ডনং দেহি পদপল্লব প্রধানম্—! ( খুরুখুদক কুনবদ লিম্বোইন চিংখৎল )

লিম্বোই — কয়াদ ঙাওশিন্নরিনো। ( মেংরে কেন )

প্রধান :— পাউরার পায়রগ লোইরে-; ইকাইব হায়বগু মণ্ডলাকুশিগ্রে।

( য়ুথল চিংশিলখি )

